# ইঁরল থিজনসি

শ্রীলাইশ্রবা ইবোখেম মৈতৈ

# ইরম্ন-থিজিনসি

## 'হুঁ হয়াহে'

### লাইয়েক্ লাইশু খুংগু খুংলাই

মহৌশানা মৈতৈগী অহল-লম্মনশিংনা খঙবা ঙম্মদবদগী খঙলকপা নত্রগা লৈরমদবদগী লৈরকপা থুদিংমকপু লাইনা পীরকপনি অসুম্না খল্লদুনা লাইয়েক নত্রগা লাইনা তাকপা হায়না খঙলৈ। অদুনা লাইয়েক লাইশু হায়না কৌলৈ। তাইবঙ অসিদা চঙলিবসি বাখল অমসুং খুৎ অনি অসিনি। অদুনা লাইয়েক খঙবা হায়বা অমঃ লাইয়েক লৈবা হায়বা অমা অনি-থোক্লা খায়বা য়াই।

লাইয়েক খঙবা হায়বদি কৌখিবা মীওইশিংনা থনম্বা খুদম কয়াবু খঙবা, মদুদা হায়রম্বা কয়াবু খুদমগী মতুংইন্না হন্দোকপা অদুগা লাইয়েক লৈবা হায়বদি অনৌবা পোৎথোক নত্রগা অনৌবা বাখল পু থারক্লুনা লেরমদবা ব্রাহৈ মমিং হাপকৎপা ঙম্বা মীওইবু ঐথোয়না লাইয়েক লৈবা হায়না কৌই। হৌজিকী মতম অসিদা চাউখৎলবা মশাগী য়েক-শলাই, পুরি পারি লাইয়েক লাইশু লৈজবা, পোক্লকম মরৈবাক লৈজরকপা মীওই কাংলুপ

অমনি হায়রবা খুন্ডনা পৃথিবীগী মীয়ামদা অচৌবা থৌদাং তৌবদা অমসুং কাঙলুপ অমা ওইনা লৈজবা ফম্বা হায়রবা রাক্ষম অসিদা লাই-রেক লাইগু হায়রবা অসিনা অচৌবা লমজৌং পী হায়রবসে খুন্ডনরে, অদুনা কমদৌনা মীয়ামবু লাইরেক লাইগু খুন্ডহনগদগে হায়রবা অসিনি। অদুনা হৌজিক মণিপুরদা লৈরিবা লাইরিক হৈবা হায়রবা মীওই খরা লৈরি, মখোয় অসিনা হৈহৌদবা কাঙলুপ-শিংবু হৈনবা কন্না হোৎনরি অদুবু লুরিবদি মখোয়শিং অসি করম্বা মখলগী লাইরিক হৈবনো?

লৈবাক অমা শেম্বদা চঙলিবা লাইরিক হৈবা অদু ওইবরা হায়রবা অদুনি। খুদম হৌজিকী লাইরিক হৈবা অমা:—মক্তাক লাইরিক হৈরে এম.এ. ওইরে, এল এল বি ওইরে, বি ই, ওইরে অসিগুম্বা মীওই খরা অসি হৌজিকী মণিপুরগী লাইরিক লাইগু হৈব কাঙলুপ অদুনি। মখোয়না তৌরকপা থৌওং খর:— মাগী ফজবা কবিতা অমা বনার্ডশোগী মণিপুরদা হন্দোকপা ফজরবা রাম্বী অমা গ্রীকী অদুগা আকবরগী মহাক্কী ফজরবা রাঙাং কুংনা ইংলিস থেৎপা রাহৈ রাক্তা, খুন্ডজদবা মৈতৈলোন্দা করি হায়নবনো অসি-নচিংবা রাহৈ শিক্নবা মীওংশিং অদু হৈ-শিংলবা লাইরিক লাইগু হৈরবা মণিপুরগী মীওই অমা ওইরক্লি। অদুনা লাইরিক হৈবা মী অমদা মৈতৈলোন অসি অসুক্কী মতিক রাৎনা খুন্ডলে অদুনা লাইরিক হৈবা মী খুদিংমক মৈতৈ ওইরক্তে। অসুম্না মমৈদা শোয়দনা মণিপুরী অসি মাঙখিবা তারব্রা? অদুনা মথক্কী রেক লাই হায়রবা মখন্তা হিংজবা মীওই কাঙলুপ অমা হায়রবা রাক্ষম

অদুদি য়াওজে। মতাং অসিদা ঐখোয়না অথূবা মিৎয়েং অমত্তং অরাউবা মিৎয়েং হায়বা য়াহৈ থবা পুথোক্লিংবা অমা লৈবা য়াই। মদু অরাউবা মিৎয়েং হায়বসি ঐখোয়স্তু য়াওরিবনি হায়বা অসিতনি। অদুনা মথক্তা অসিগা মরী লৈননা লাইরেক হায়বসিনা করিনো অদুগা খুৎলাই হায়বসিনা করিনো হায়বসি নৈনবা হৌরসি— মীওইবনা ইহান হান্না নিংশিং খুদম ইশা চত্তনা ফোঙদোকপা পুক্লিংগী অনিঙবা অসিনচিংবা য়াথল ফাওরকপা মতম অদুদা মযেক হায়বসি লাকপা হায়বা অসিনি। অদুনদি ময়েক হায়বা অসি মীওইবনা কানবা তাই। অদুনা মী পোকলে, ময়েক পোকলে অদুগা ঐখোয়গী ময়েক অসি পৃথিবী অসিদা লৈরিবা মীয়াম অসিনা মখোয়গী ময়েক লৈখিবা অদুগুম্না ঐখোয়গীস্তু লৈখিবনি হায়বা অসি অচুম্বা ওইবা তাই। অদুনা হৌজিক ঐখোয়না মীগী চাওখৎখ্রিবা অসি করিগীনো হায়বা য়াফম অসি খন্নবা তারি। করিগী মখোয়গী লাইরিক হৈবশিংনা মখোয়গী ময়েক চাওখৎপদা ঐখোয়গী ময়েক য়াওহৌদবগে? অদুগা ঐখোয়গী লাইরিক হৈবশিংন; লাইরিক হৈরগা মখাক্তা মরোল খঙজিন্নক্তি-বনো হায়বা অসি হংবা য়াবা য়াফম অমা ওইরে। য়েংঙ্ভি অতোপ্পা মীওই কাঙলুপ খুদিংমক, মখোয়গী ময়েক মখোয়গী মরোলদা, মখোয়গী লৈবাক্তা তম্নগা মথল মথলগী কান্নবা কংবা তম্নরি, অদুগা ঐখোয়গী লাইরিক হৈবশিংনাদি, মীগী মরোল মীগী য়াথল তাংজুনতা লৈরগা, করম্না তৌগদৌরিবা, মাদি মরোলবু শেমগৎপন্নু নত্তে, মাদি মতৌ তম্বনি। মীগী মতৌ তম্বনদি

কৈদৌনুংদসু, অহৈবা ওস্বা য়াদে, অদুনা এখোয়গী পাউরো অমা লৈ, মীগী মতৌ তম্বদি হঙোই মরিন শুংশাৎ, হায়বদি করিসু কায়দবা হায়বনি। অদুনা ঙসিগী লাইরিক হৈবনি হায়রিবা অসিদি হঙোই মরিললি হায়বদু তারে।

লাইরিক হৈবা হায়বা অদু ওইননবা নশাগী নরোল অমসুং নশাগী ময়েক্কা থিজিন খোমজিন তৌডুনা মীগী ময়েককুম্বা চাও-খৎনবা হোৎনগদবনি। লাইরিক হৈবা হায়বা অসি মখল য়াম্না য়াম্ই মতুদি কনাগুম্বা অমনা মূরু য়াম্না হৈ, মহাকা হৈরিবা অদু ইথোক্লবা মতুংদা মাডুদা য়াওরিবশিং অদু মহাক্কা হৈরিবা মূরু অদুগুম্বা মহৈ অদুগী চৎনপথাপ নত্রগা থোদারোল কৌইবু হায়রবসু, অসুম্বা মানা মানা হৈকবা, তৌকবা, থুদিংগী তোংঙান তোংঙানবা থোওং থোদা কয়া লৈহনগদৌবনি। অদুনা কনাগুম্বনা ফো য়াম্না লোকপা নত্রগা খাটদগী হেন্না হাউবা ফো পুথোকপা ঙম্বা, অদুগীসু ইথোকপা অদুগুম্বা কয়া লৈরিবা লৈবাক অদুগী মীওইশিং অদুদনা অতোপ্পা মীওই অহৈগা থেংনবা ঙমগদৌবনি। অদুনা মীগীদা তমদুনা লৈরবা মঙোন্দদি মহাক্কা তমলুবা মী অদু লাইগুম থক্লকুনা, মশাবু হাৎতোকচবা হায়বসি শোয়দবনি অদুনা খুনথক নশাগী লোন্দা ওন্থোক্লবা হোৎনগদৌবনি। অদুগা লোম-ননা লোলসু চাউখৎলকপা ভাবনি।

(১) হৈন-শুনবগী লাইরিক (২) শাস্ত্র খোৎনবগী লাইরিক (৩) লৌউ-শিংউবগী লাইরিক (৪) লৈগুংলোন (লৈথারোন) (৫) খুনথোকলোন (৬) নোংদা লোন (লৈথক লোন)

(৭) খুৎলাই কাংলোন (৮) ভাংবন লোন।

হৌজিক ঐখোয়না শিজিন্নরিবা হরাগাড়ী হায়না খঙনরিবা অসিগী মরমদা খাজক্কং পঙগে— হরাগাড়ী অসি ঐখোয়গী লৈবাক্তা লাবা নত্তে অদুগা হৈবা মীস্থ হৌজিক ফাওবদা লৈত্রি। অদুনা ঐখোয়না মসিগী মরমদা পুমরাং-রাংলবনি, হায়বদি মমিং অমম্তং মসিগী মরমদা হেক লৈরিবমখৈ শাগরীবা অদুগী হায়-রকপশিং, অদুনা অদুমক ভমদুনা লৈরগনি। অদুনা ঐখোয়গী রায়েল চুপ্পী হায়বদু, অদুম মওইরে। অস্থম্না ঐখোয়না অমা ভস্রিভৈদা, মখোয়না অমা অমুক পুথোক্রগা, অদু অমুক ভমদুনা লৈবা ভারবদি, হৈবা ভম্নরোই। অদুনা ঐখোয়না তোঙানবা খুৎতম অমম্তং খুদম হোংদোকতুনা, তৌরৌবা ভাবনি। মথাগী খুদম অসি অমুক্তা য়েং বিয়ু ; ইংলিশতগী মসিনা থরা থুনা খঙগত্রা ?

ভাংবনলোন :—ঐখোয় মীওইবনা রাখলগী মতেংনা ওইবা, অতৈদগী মশাগী ওইবা মুংঙাইবা অমম্তং কাঙলুপ নাইবা জীব ওইবনা থিজিনবা হায়বসি হৌরকখি। অহানবদা মশানা ঈনবা, ভমদবা পোৎ অমা করিগুম্বা পোৎ অমগী মতেংনা ঈন্‌বা, মতুংদা মশাবু রাদনা করম্না থবক তৌগদগে হায়বা অসিনচিংবা, অহানবদা মীনা পোৎ পুবা, মীনা মীবু পুবা, মথংদা ঈশিংদা উঙাম, হিন-চিংবা শিজিন্নখি। অস্থুম্না মথং মথং তৌরম্বদগী ঐখোয়গীদি মীথা পোনবদগী, অমম্তং ইশাগী লোন অমম্তং ময়েক মাঙথিবদগী, মতম কয়া অসি অস্থম মীপাল ভাংলকপা, ঐখোয় করি লৈরম্বগে, হায়বা অদুকাওবা খঙত্রবা মতম অসিদা মীগীদি অঙকপা ফংনা

চাওখৎপা মতম অমা ওইরে। মীয়ামবু লায়না অরাপ অরাপ্পা মফমদা কম্না য়োবা ঙম্লনরে। মসিদা মথল মথাগী রাথল শীজিন্নখি অদুগী মতমদা খজিজং পঞ্জগে, রাথলগী অচকপা পাঙ্গল, য়োৎ, কোরী মথল কয়াগী তোঙান তোঙানবা মৈপুংদগী শুংদোক শুংজিন তৌদুনা শেমগা মপৌ অসুম্না য়োৎপু মীনা শা-ইরোই শীজিন্নবগুম শিজিন্নরি। য়োৎপু করম্না অহিংবা তাবগুম তৌকনখিবগে, হায়বগী রাগী য়োৎ মকেক মকেক কয়াদু তোঙান তোঙানবা মওংদা শাবগা, অমগা অমগা শম্নরগা মীনা ঈনবগুম্না শীজিন্নখি। মমৈদা মীগী মহুত্তা মৈশাবু, মীগী মপাঙ্গলগী মহুত্তা থম্লগা মীনা চুংদগী লমজিংবা অমা ওইনা শীজিন্নখি। মসি মথল অনি শুই, অমনা মৈশা য়েংকদুনা থম্লগা শীজিন্নবা, অদুগা খুদক্তা ওনবা পোৎ শম্না থমহন্নবা মদুনা মৈশা অদু শীজিন্নবা মথল অনিসি অসুম্না কৌবা য়াই, মপান্দা লেপ্প মৈশা অমসুং মমুংদা লেপ্পা মৈশা,, অমরোমদা মমুং মৈশা, মপান মৈশা রেলগাড়ী, জাহাজশুম্বদনা মপানগী মৈশানা ঈনদুনা অইনবা অসিনচিংবা পোৎশক অমা ওইহল্লি। অদুনা চিংবা নত্রগা ঈন্বা পাঙ্গল ওইহনদুনা, হায়রিবা মথক্কী তাংবল পোৎলৌং অসিদা শীজিনৈ। কমদৌনা মৈশাশিং অসিন। মমুংদা করি তৌরিবনো হায়বগী মরমদা পৌরম্ভা অসুম্না ফোঙদোকপা য়াই মৈশা, পাঙ্গল, খুৎলাই হায়বা অসি মথল মথা কয়াগী তোঙান তোঙানবা মওংদা শাবা য়োৎ, কোরী, এলুমিনিয়মনা শাই অদুবু পরিং পথাপ অমগী মতুংইন্না অমগা অমগা মরী লৈনদুনা শাই। মৈশা, পাঙ্গল,

খুৎলাই অসি শীং নক্রগা থাউ অমসুং শেমদোক্লবা নোংথাংগী মতোং কৌড়ুনা মসুংদা নক্রগা মপান মৈশা খুৎলাই ওইকল্লি। ইং শোক ১৯৩৭ কী অহ্রাইদা ককচিংগী সঙ্গাই লমপাক হায়বা অচুমা মমাংথৈদা করম্বা য়োৎ শুংথপগে হায়বা অদু খুল অদুগী অহল-শিংনা উৎখি, মদুদা য়োৎ শুংখিবা পরিং পথাপ থম্না হায়রক্লগে। মখোয়না সুং ঙাৎ অগা পুবরকখি, মদু চরুনা ওমশিল্লগা থাদোকই। অদুগা থাদে হ্লবা সুং অদু কুপ্পা সুম্খন্দা শুদোকই, কুপা শুদোক্লবা সুং মবুপশিং অসি নীকথোকই, অদুগা অপোবশিং অদুসু অমুক কুংনা শুদোকই। কুপ্লবা সুং মকুপ অদু খুত্তপ অনিরোম য়াংনা শাবা নৈরং অমদা মৈতাল মরোল অমা হাপ্লগা মহুৎ মহুৎ তৌবা থাবৈ অমনা বুপনা, শুগাইগ্রবা নুংকুপশিং অদু চাইশিল্লি। অতুম হায়না মথং মনাউ হৱেৎলক চাইশিল্লবা, মতুংদা সুংগাং অমা কৌই। অদুগা মৈ কৌগৎতুনা কজনা ঈল্লবা মতুংদা য়েংবদা নৈরং অদুগী মখাদা খুৎতুম্মক থাবা কাপমুক শাংবা য়োৎ মতুম অমা নৈরমই, অদুগা হায়রিবা নৈরং অদু হৌজিক্কী মৈহুম উতোং অসি শীজিন্নদে। মতম অদুদা শুম কৌবা লেপ শূম্বল মানবা মথূল কোবা অনিথক নৈস্নুংদা ফুমলে, মদু শউম্মা তুশিল্লে, শউল অদুগী মমায়দগী থোরী অমনা শুম অদুগী মনাক্তা যুংবা যুম্বী মচা অমগী মতোন্দা পুল্লি। শুম অদুগী মথাদগী উতোং অমা, নৈরং অদু য়োৎনা পুই, অসুম্না মৈ হুম্বগী মওং অদু শেমখি, মদু হৌজিক্কী মৈহুম উতোং অসিদগী য়াম্না য়েম্না কল্লি হায়। অসুম্না মৈতৈনা য়োৎ শুংলমই।

## থায়নগী য়োৎ শুংনবগী লৈরং :-

য়ুম্বী মচা

মৈতাল

মৈতাল

মৈতাল

মৈতাল

মৈতাল

মৈতাল

খউন

মৈশুম উতোং

লৈমাই

য়োৎ লৈফম



উৎলিবা মওং অসি অথায়বা লৈবং অমগী মথক্নি। মসিদা থেনগৎলকদোবদি ওম অমগুনি।

খুদমশিং অসিনা ভাক্নি, মতম অগী মীশিংনা তপেংনা থঙই, মৈশাতনা য়োংপু মতি চেনহনি অদুবু লৌজিকী মনিপুরগী মীওইশিংনদি মথল-মথলগী হিদাক থাপচিন্নগা শিজিন্নরা থামনা থম্নরে লোথোক য়াম্নবগীদমক্তা থৌওং থৌনিল কয়াদি চঙবা নত্তে। হায়রিবা মতম অদুরাইনদি হৌজিকী চাওখৎলিবা লৈবাক-শিং অসিমু অগুম তোরবগনি; মখোয়মু য়োংপু মতম অদুদদি হৌজিকী মতমসিদা তৌরিব। অসুপ্না লায়না তোবসি ওবদি নত্তে।

লৌ উবগী মায়কৈদা য়েংসি:— অরিংবা, পাক্কেন, পুংহন অওগা লৌউ খুৎলাইনা উকায়, উকায় শমজেং অদুগা কাপেন থাদা তোকন্ত লাঙ্গোল অসিনি, হৌজিকী লৌউ অসিদা পাকথোক চাউথোকপগী রাকম লৈতে মতমগী ওইনা ভিলহাং হিদাক অমম্নুং হায় শীজিন্নবা অসিতনি। মসিদা হায়রিবা মথকী লৌউ অসিদি চহি কয়াদগী হৌজিক ফাওবা লেমদোকউবদি লায়রদুনা করম্না তৌরম্লিবনো হায়বা কাওবা থিকবা নত্রি, হৌজিক তৌরিবা হায়বমু মীয়ৈবাকী মতৌ ভবা, মীগী লৌউ শদোকপা অমসুং হান্নগী লৈরবা অকবা কৌ অমসুং লৌউ মাচৎনবিবা; ঐখোয়গী ওইনা লৈরম্লিবা অদুদা করি লেমদোক্লগা, করিমথৈ থাপচিন্নগা ওম্লোক-দগে হায়বা অদুদা তোবা নত্তে; মীয়ৈবাকীনিবু হায়রবদি মদু অচুম ভমগনি। অসুপ্না কয়া কুইনা ভবথিগনি। ঐখোয়গী ওইনা লৈরম্লিবা, লৌউ অসি মুম্না য়েংলগা, অশোয়বা অবাৎপা, কয়া অদু লেমদোক লেমজিন তৌরগা ঐখোয়গী ওইবা লোল অমসুং মহেৎ পরম পথাপ থিবা ওম্নবা য়োৎনবা কস্না? অদুগা

মমাঙউৈদা তৌনরম্রিবা লৌরোক অমুক্তা লোকপা লৌ লোক্রবা মতুংদা অতোপ্পা মখলগী মরু, করি ইনচিংবা থারগা তোঙান তোঙানবা লৈহাও লৌখিবা অদুগা হৌজিক্কী লৌরোক অনিরক লোকপা, মায়বা পান্থৌ, মায়বা মক শৌজিন্নবা অসিনা লৈহাও মাঙত্রা? অসিনচিংবা মুম্মা য়েংবগা অকবা অমা তোবব, কত্রা? অদুগুম্না মুম্মা খিজিন খোচিন্নবা থুজিন থোরাং তৌনবা লোয়শঙ অদুনা মুম্মা য়েংবদা করে থঙনবা, থৌওংশিং অদু ইরোন্দা ইথোকপিবা, অদুগুম্বা লাইরিক অদু পারগা মীওই থরদি মশানা থঙজবা ঙমগনি। অসুম্না অথেব মায়রবাদি অকবা লৌশী য়ামথংলক্কনি অকবা লৌউ থোক্লক্কনি। অসুম তৌবদি মীরৈ-বাক্কী ঐখোয়গী লৌউ, থম্ভকপা য়াই, অচৌ ওইরবদি ঐখোয়গী করি লাইবক ফবা ওইগদগে।

অসুম্ন য়ুমশারোনক ময়ুন লৈরম্রিবা অসি অমুক য়েংবয়, খুদম মৈতৈগী য়ুমজাউ হৌজিক্কি মথোং চাদবা অমা ওইনা লোনরবা, অসিগী মরমদ থরুং পঙ্গে— য়ুম অসি কা মঙাদগী মাপল কাওবা শানৈ, অদুগা কনাগুম্বা তোবা ঙম্না কা ফরা চিপাল কাওবা শাবগী য়াওৗ লৈ, য়ুম অসিগী মমাঙথংবা অচৌ মাঙ্গোল চায়না থঙৈনৈ, মাঙ্গোলগী য়েংথংবা অদুগী য়ুম্বুরেন নত্রগা য়ুম অদুদা লৈরম্বা মী অদুমগী হেনবা মীওইশিংগী কমফম্নি। অদুগা য়ুম অদুগী থোংগী য়েংথংবা নোংপোক ওয়া থাবা ফম্ফম্না য়ুম অদুগী য়ুম্বুরেনবৗগী কমফম্নি। অদুগা য়ুম অদুগী এই হায়বদি অবাংদা কপদি য়ুম অদুদা লৈজবা অঙাংশিং নত্রগা য়ুম অদুগা

মায়কৈদা চহি চা কয়াগী মমাংদা শেমলম্বা থোং হৌজিক কাওবা পীকশিল্লি; অদুগা ঙরাংদা শেমখিবা পাওনা কৈথেল লম্বী, অদুগা থাঙ্গাল কৈথেল লম্বী, কমদৌরি। অসিগুম্বা লম্বীগী মওং অসি ঙসি শেমদোকপা মতম ওইরে। হৌজিকী মতম অসিগী লাইরিক হৈতবা মখোয়না চহী কয়া শাংনা উরিবা, অদু হৌজিকী লাইরিক হৈবশিংনা কয়া থুনা শেমদোক্লরিবা অসিনি। থনবি-পদোবা। অমুকস্থ য়েংবিয়ু, পুথিশ্রি অমা চাওখৎলবা, মনিপুরগী য়াংমদা লৈবশিংনা 'থরবা ঈশিংনি' হায়না কৌদুনা থেৎলৈ, কনাগুম্বা মৈতৈগী লাইরিক হৈবশিংনা থরুবা ঈশিংনি হায়না পুথিশ্রি অদুদা থেংলু হায়নৈ, তৌইগুমস্নুং পুথিশ্রদা করিগী মৈতৈনা থেজ্রিবনো হায়বা অদু থজিক্কুং লায়জগে।

মৈতৈগী চহনবী মতুংইন্না, মতম কুইনা খঙজরক্লদুনা ইবগী কায়বা লৈরমমজে. করিগুম্বা থরুবা ঈশিংগী পুথিশ্রিদি কপোৎতৈমস্থ যুম অমমস্নুং ইংখোলগী মনিংদা তৌনদে, অদুনা ইংখোলগী মমাংগী পুথিশ্রিদি থরুবা অকবা ঈশিংনি। অদুগা ইংখোলগী মনিংদা লৈবা পুথিশ্রিদি মতবা অমাংবা ঈশিং ওইনা লৌনৈ। অদুনা থাজ্রবস্থ অদুম খঙনরম্মে। অদুবু হৌজিক্তি লায়রিবা অসি খঙনবক্লদুনা কনাগুম্বনা থানবস্থ উরে, মসি চাওখৎলকপা মত্তে মাওথিবনি।

বায়েল চৈরাক পবিংদা অমুক্তং য়েংবিয়ু:— চৈরাক কুহু থৌরম পরেং নিংথৌগী মায়চৌ মখাদা লুপ লাকপা, নীতোল লাকপ, অদুগা খুন খুনগী বাযেনশং, অমুম থেমবা থাক্তী কমথোক

মথং মনাও নাইনা ১৪ ( হুক্ষ্‌মরি ) থোক্লা খাযদোক্নবা লৈবাক মায়েক্লম্মী হায়না তায়। অদুগা মনিপুরদা যোম ভাগদবা চহি ২ অনিরোম বাৎলিৱৈ, হায়বদি ইংশোক ১৯৪০ গী অদুরাইদা, রাবগাইদা মেম্বর লেপকনি হায়দুনা চৎলুই। অদুদা মীরেপ লেপ্লগা মেম্বর ওইগনি হায়দুনা মীরেপ তৌরিবা মী ২ অনিনি। অদুগী কাঙলুপ অনি থোক্লা লেপ্লগা মশীং হেনবা অদুনা মেম্বর ওই ; হাংরিবা অসি হৌজিক্কী ভোৎ হায়বা অসিনি। খেন্নবা হায়বনু লোম্না তৌদে অসিত্তনি। মদুদি হৌজিক্কী মতমগী পুক কৎনদবা মীওইশিং অসিদা অদুম তৌরবদি, মাগী ওইহৌদবা মী কাঙলুপ অদু শাথি শাথিনা ওৎপিবা য়াই ; অদুনা লোম্না তৌবা অসিত্তনি। অদুনা মথল খুদিংদা, থায়নদগী মনিপুরদা লৈরম্বা অদু ৎাক্লনবা অসিদা মীয়োম্দা ঙাক্না তৌখিবনা অয়াখনি। অসিদা ইংলিশতা ওস্তোকখিবা অদুগা মনিপুরগী লোন মাঙহনখিবা অসিনি। হৌজিক্কী মতমগী সাইরিক হৈবশিংগী, খোদাং পৃথিবীদা খ্বাইদগী শিংই হায়না লৌনবা, জীউ অমসুং গ্রীকশিংনা অতম্বা চৎনরম্মী। মদুদি :— অথোইবা মচা পোক্লবা হায়দুনা মখোয়গী মরি-মতা ঙাক্না লৌনদুনা অরাংবা থাকী অঙাং পোকথি, মদু থুনা মখোয়গী অঙাংশিংদু ইকুই কুইদনা রাখল মাঙথরকপদগী, মখোয়না থিবদা কম্মনজিন হায়বদি মান্নবা ঈ কাঙলুপ য়ামশিন-দক্নুনা মাঙলকই হায়বা খঙলদুনা হৌজিক্তি তোক্লরক্রে হায়নৈ। অসিগুম্বা অসিদি মৈতৈনা মতম কুইনদগী খঙলক্রে। হায়বদু খঙবা ঙমত্রবা মতমদগী খঙলক্রে। অদুগা কনাগুম্বা অমা লুহোংনবা চনু

লিঙোল অমবু ভাইবং যুম্বুরেন যুমলেপ চায়, শেম্ববা খিরকপদা মশাগী য়েক শলাইনা করিনো ? করম্বা য়েক শলাইনা যুম্বুরেম্বী ওইনগদৌরিবা, নিপা অদুগা লৌন-লৈনবা মতমদা ঈরী ঈখোং য়েৎনবা করি লৈবগে ? অদুগা মুখিৎ থা, থবানমিচাক করম্বা কান্দা পোকপনো, মথোয় অনি অসিনা করম্বা মচা পোকপা য়াই, কমদৌনা করম্বা মুপী লৌরগা, মুপা মুপী অনিগী অক-মুঙাই পুন্দি ভোয়্নোইগদগে য়েংঙুনা, অমা নত্রগা মখল মথেন, কয়া য়েংঙুনা মমা মপা ওইবশিংনা থিবা চৎলৈ অমসুং থমলৈ, মদু মুপী অমসুং মুপা অনিমক্কী মপুক য়েংবনি। অদুবু হৌজিক্তি য়াত্রে। মতম অদুগী মীওইদি পুন্সি অসি পীনগ্রবর্নি, হায়বদি যুম পালবা মুপী অমগুম্বা, অদুখ শল্লে। অদুগা মুপী অদুনসু চৎথোক-চৎশিন্দা য়াম্না ইকায় খুম্নোইবগা লোয়নন্না, মপূরোইবা লৈরবী অমগুম্বা ভৌনৈ। অসুম্না লিশা থাদুনা থম্বা অদু হৌজিক ভৌরবদি অঙকপা বাথোক ওইরগনি। অদুনা চাওখৎলে হায়রিবা মতম অসিদদি চৌংলেম্বা হায়বা লমচৎ অদু লৈত্রবনি অদুনা নোংচুপলোমগী খেম্নবা থাঙা লেপ্পনা মুপী মুপা খেম্নদনা অমুক মুংখিল অনিমক্কা ১৫মিম্নবা উবে। অদুগা ভাত্রিবা হায়বতবু মযুম পাম্নবী মুপী অমনা, মচা পোকপা ভঙ্গ থায়তুনা মচা হাত্তোকপগী য়াদি ভাদরি। অদুগা মপা থঙদবা মচ হুন্দোকপদি য়াম্না ভারে।

মসি খোঙনবা অসুম্বা হংনৈ। করি য়েকনো, শলাইনা করিনো, অদুগা শাইরুক তিমত্রা ? নত্রগা কায়গী করি মরী লৈ.

মুংনবী মচাবা, হায়বসি য়াম্না কুপ্না থিনরম্মী। মৈতৈগী অহল-লম্ময়নশিংনা অসুম্না হায়নরম্মী, কনাগুম্বা অমনা য়েক লৌরবদি য়াম্লবদা মীরোল অহুমগী মতুংদা ইমুং তুম্না শি, অসিনচি বা পাউতাক পীনরম্মী। অদুনা হৌজিক ফাওবদা য়াম্না লুনা থম্মি। অদুগা কনাগুম্বদি মসি থোকইনা থম্মদবসু য়াওরমগনি। অদুনা ঐখোয়না মথক্কী বাক্ম অসিদগী খঙবা তারবদি, মতম অদুদা মৈতৈ মীশিং য়াম্লমদ্রবদি, হায়রিবা অসি থোকবা ঙমলোই। খুদম, লম অমদা মীশিং য়ামদনা লৈবা চীনানা মচীন-মৌপুরা কাওবা লৌনৈ। অদুংবুম্বা পাল্লনশি অসিসু অহুম হৌরমগ দাংদগী মৈতৈ সুপী ময়াম পৌশিল্লগা মখোয়বু পাম্বল ওলহনখিদুনা মখোয়গী কাঙ-লুপ অতু নত্তবা পীনা অমত্তুং মায়ম্বারীগুম্বা কয়া অসিদি থোইনা মনিপুরদা মীশিং শন্দোকপ ঙমদে। অদুগা হৌজিক্কী পঞ্জাবী নেপালী মখোয়গী জাৎকী অরেপ্পা থোইনা থন্দবা, অতোপ্পা জাতগী লুপী লৌবদা বেরা লৈতবা, অদুগা মখোয়গী সুপীদি য়াম্বিমথৈ মী ঙান্দা ওংবনখিদবশিং অসিনদি অঙকপা কংনা মশীং য়ামথৎ-লক্লি। মসি শম্রপ্না মনিপুরদা ওইরিবা শক্তম অমনি। অদুনা কাঙলুপ অচৌবা অমনা, অথিবা য়াওদনা চঙশিল্লকপা হায়বা অসি অপিকপা জাতি অমগী কিনিংঙাই ওইবা শক্তম অমনি। হায়রিবা অসি ঐখোয় মনিপুরদা লাইরিক হৈবা অমগী অওাওবা মীৎয়েংদদি কাওগদৌবা নৈতে। মসিগী মতাং খুদিংমক্তা চেকশিন্না য়েংনবগী লুরবা তানফম অমা ওইরে হায়না থনবিবা য়ারে। নিংশিংবা য়াই, ত্রৌপুরাদা ত্রৌপুরী, অমসুং অসামদা অহোম পৌনা

ফবা শাদুনা, অরাওবা মীৎয়েং য়েংলুবদগী চৌথিক্তি লোইনা মাঙখ্রে। অদুগুম্না ঐখোয়স্তু মাঙগ্রসিব্রা? মরল য়াম্না থমজরবা মমা মপাগী মচা অমা, মশানা ওক্তবদগী মাঙখিবগুম ভারতকী মীশীংগী চাদা লাইরিক হৈবদা য়াত্তে। অদুগা জগোই ঈশৈদা মীকোক থোংবনি খঙবা কাঙলুপ অসি মচা ফত্তবা পোকপা, মপা মমা ওইগদৌরব্রা? করি য়াৎনা থনম্মী। থোনা ফবা, য়াম্নবা ভারতকী মীয়াম পাক চাউরবা তোঙান তোঙানবা নিংথৌ কয়া পাল্লিতৈ লৈখিদ্রে, অচৌবা বৃটিশকী মায়য়োক্তা লানথেংনবা অপঙবা চাওথৎত্রবা মৈত্রবাক অসিতনা পোক্রুখি। মতমগী লাই-শুমনা কল্লবা পৃথিবীগী মপুনি, হায়না খঙনরবা সাহেবকা লান-থেঙনখ্রিবা, অসুম্না অকনবা পোকচবী মমা অমা ওইজবনা, মমাগী মতীক মগুণ ঙাক্রবা হোৎনবদা অকিবা লৈতনা শিখিবা মচাশিং অদুনা য়ু·লমই মিংচৎকী উরোং, মমা নিঙজবা মচাশিংনা মতম অদুদা করমত্তৌনা লৈবাক য়ায়েলগনবা, করম্না মমাল্লবগা লাম্বা পারম্বা, য়ুমলোন-কৈরোয়বশিংগা মাম্নবা থাক্তা হিংদুনা লৈবা ওমলগম্বা মথোয় অদুনা কমদৌনা মীবোল অমসুং মীগী ময়েক্তা মপান য়াওদনা অকনবা লান্মী, অকবা শায়রোই, অদুগা মথল মথলগী মশাম্না অদুগা মশানা শাজবা অচৌবা থাও অমসুং বোম তোপ অসিনচিংবা শিজিন্নদুনা মীশীং য়াম্নবা লান্মীগী মায়য়োক্তা লানথেংনথিবগী থূদম য়েংবিয়ু। ঙাল্লি ভারতা, তোমথিন ওইনা পোঙজনিংঙাই ওইবা পৃথিবীদা শায়পুংগী শায়রোই য়াৎখিব্রা? লমজেল, মুক্কা, থোঙ কাঙবৈ, শগোল কাঙবৈ, ঙসি কাওবদা

মীরৈবাক্তা উত্রিবা কাং শায়বা বাংনা থনমত্রা ? লাইরেক-লাইশু মৌতিক্কী মতমদা থিদি-থিদনা অখণ্ডবা শাড়ুনা লৈজে হায়জিলগন্নু। চাওখৎপা লৈবাকশিংনা মীগী লোনবু মরোল্দা পুশিনবা অদুগা মখোয়না খুণ্ড-উজকবা কয়াবু মরোলদা ইথোক্লুনা মাগী কাংলুপকী মীংশ্ন খঙনবা হোৎনবা অদুগা অনৌ অনৌবা থৌওং কয়া মশাগী ওইবা মখেক্লা মরোল্দা ইথোকচবা, অদুগা মাগী মশানা শান্নবা পোৎনা, মীগী সনাদগী হেন্না নুংশিনা তৌদুনা, মথংদা মশাগী অরাংপশিংবু খঙদোক্লগা, অনৌবা উপায় কয়া থিদুনা ভুং কেংইনা মথং মনাও ওইনা শিজিন্নদুনা অথাচ কয়া হোংলবা ওয়া মী কাঙলুপ অদুতনা, মীয়ামবা কাঙলুপ অমা ওইবা ঙাই। থুনম ওইনা হায়রবদ, জম্মা মশানা লেপচবা লৈবাক অমা ওইরনা তুদা কুইনা চাওখৎপা উমত্রবদা অরাংপশিংবু থিদোক্লগা খঙলব। তুংদা, বোয়া শেক্তুনা থাউথ। মমৈদা পাক-চাউরবা পৃথিবীগী মীয়ামবু শীংনবা উৎবগী থাক্তা চাওখৎপা উমখি। অদু ওইরবদি মণিপুরী এথোয়স্ত অরাংপশিং অসি খঙদোক্লগা মথং-মনাও নাইনা শেমগৎপদা কারগী ভরোইদবা লৈবগে। য়েংলসি অরাংপশিং অসি—মাঙদা মথং-মনাও নাইনা থমদুনা য়েংবদা নিত্তিগী চঙদবা য়াদবা চিঙ্গাক অমত্তুং কি, মথংদা চৎথোক-চৎশিনগী লম্বী-থোং, মথংদা অকে-অমোংগী পোৎচঙ, য়ুমলৈ-কৈরৈ অসিনি। থায়নদি লমদম অসি মশাগী চাবা ওকচবা কাঙলুপ অমা ওইরমই। মসি ইংলোক ১৯৪১ কাওবগী অদুবাই কাওবা থোইনা অবাংপা ওইরমদে। কৈথেলগী মচি ময়া কয়াদা লংহৌ

হায়বা খুৎনা নাইবা লমদম অসিগী লশিংদগী লংচুম থোক্লম্মী। অদুগা হরাই চেংরাই, মনা-মশিং কয়া অমম্তু মরাং কায়না ফংলম্মী। খোংবান-লুকলাং কয়াদা ঙা চাক কাদুনা, মীয়ৈবাকী ঙা য়াওদনা চাবা ওলম্মী। মণিপুরদা মথৌশাদগী লৈজরম্লবা ঙমু, ঙাক্রা, ঙাতোন, পেঙবা, থরাক, অপীকপা ঙাদা-ঙাথা, ঙাচিং, ঙয়হাই, ঙানৌমচিংবা কয়া অসি শেমগৎ-শাগৎপিদবদগী মীয়ৈবাকী ঙা লমদম অসিদা হৈনদ্রবা কয়া য়োক্লবা হোৎনখিৎছদা, অমগীম্তু মপুং কাদবা অমগীম্তু মপুং কাদ, চৈরক অসিদা চাবা ফংদনা কয়া রারিবা অমরোমদা ঙাম্না লৈজরম্বা ঙা শঙ্গিক কোকথোং অমত্তং পীজরগা মপুক থনজবা মুংশিবা শাবাল, তপ নম্বা, পীক্রবম্তু পীক্রা মরু হক্লা কঙবা শগোলগুম য়াঙজব, চাবোক ফবা ঙা, কুপ্পা য়েংদবা থৌশাবিদবনা মাঙশিল্লক্লে। মীয়ৈবাকী ঙা ডানা টিন মরি চাবা মখোয়দৌনা লৈপাক চিংবা, থবক শূবা চুমদব, মশানা হাপ্পবা ময়ুংদা কুন্দুনা থাম্বা, তনবনা মথী কাওবা শেংনা ফায়-দোক্কবা, মমৈনা চপ্পুনা মমৈদা মথী তৈবা, মখোয় অদুবু লুনা তৌরিবৈঙদা, মাঙাখিগদোরে মৈত্রবাকী ঙা, কৌদোকখিয়রকপা ঐখোয়বু য়োকপী থাকপিরম্বা, বুইত্রে, নখোয়গী নখোয়ঙদা চুহুনা পেন্দবগী তেংথারোল কয়াগা লোয়ননা চঙজৎম নির-শদবা। নখোয়না লৈরিবৈ, নখোয়দ ঙায়রিবৈ, ঙইহল্লম্বা বাৎঙ পাদবা মৈত্রবাক শা, ঙা, ঙা, চাক করি থাৎহল্লমগে মীয়মগী পোৎনা লুনা তৌ, ইপোৎপুনা লায়না তৌরুবা, খঙলে মীচাপোক্লা য়োকপা পুকথমকম খঙত্রে। য়েংউ, অসিগুম্বা লৈবাক

অমা লৈরমখিগদ্রা ? মণিপুরগুম্বা অরাংপগী অরাংপতনা থল্লবা, ময়েংবা করি লৈরিবগে ? ফৌ চাবা ওক্তে, ফি শানবা লল্লিং হৌদ্রে, ভা লৈদ্রে পাংদ্রা, লমহাংদা পুনদ্রে শা মন, মহৌশাগুম্বা হৌদ্রে হিদাকমনা, হরাই চেংরাই, মোরোক, মনা মশিং কং-লক্তরে। মপানলোমদগী পুরক্লবা মুমিত্তা, মুমিং অদু হেনবা ভারে ভরাচাক, ওইরে অয়োকপা শাগী পাংথক, মপুনা মুং-শিবগা চাবা, মুংশিদ্রগা তোকপা। মেংউ অমরোমদ জিপ, কার, টাটা, স্কুটর, রাজদুত, গোল্ড ফ্লেক, কেপ্সতেন, বিরি, ভেলরিন কি মমল য়াম্রবা থোঙজাপ, বু, থাজি, মনম মুংশিবা অসিনচিংবা। ভারত সরকারনা পীরকপা শেনথং কয়া অদু পোংশিংদ্র লৈবদা লোইথোকখ্রে। অদুগা কোম্নবা শেন্দোই শেল্লেপ শি লি, তপ্পা তপ্পা, পে থোক য়াওদ্রবা লৈবাক অসিদগী, মখোয় মশাগী ঈ দগী শুংগত্তুনা কয়া কুইনা শিংবা ভমখিগনি। খঙলগনি কুইবা য়ারোই মশাগী ঈদগী শুম্নগা থাজ লৈগনি, মচাক লৈগনি। পোথোক অমা কাওবা লৈজদ্রবা লৈবাক অসিদা, কাওরে কোটা, হরাওরি, শেনথংবু লোৱবম নত্রগা লোদনবু ওইরম্, সরকারগী থবক তৌনা মী নত্রগা নমথাক তৌদ্রুনা শেল তানবশিংনা অকে অখৌ, পোংলোই শেমবোং ভমখিগদ্রা কায়হন্নবা মীয়ামদা ?

অদুগা অহৈবা কনা অমত্তনা শিন্দোক ইথোক্তনা নরোজ নয়েম্বা, অঙম্বা থরদংকাও ভেংবাংদে, অদুদি নত্তনা মীতৌ অম-মুনা লৈরগা, লপচুনত্তা কয়া কুইনা হিংবা ভমখিগদগে। মীয়ামগী

ফনবা খনবিরো, থবক হৈবনা থবক্কী মকোক ওইহল্লো, লাই-রিক হৈবনা লাইব্রিক হৈবগী মকোক ওইহল্লো। লাইব্রেক পুথোক-পা হায়বা অদুদি মথক্তা পঞ্জখিবা মখল কয়াগী থোদা থোশিল, হায়বদি মশা ফহনবা ঙম্মখিবা নিপা অমদগী কয়া মশা ফখিবগে, লৌউবা অমদগী কমদোনা ফো য়াম্না থোকখিবগে হায়বা অদু লাইব্রিক হৈবশিংনা মীয়ামদা খঙনবা পরম পম্পক্তু খঙনবা ইথোকপা অসি ভংঙাইফদবনি। অদুগা লাইব্রিক হৈবা নিপা মশাদি ফঙবা অমনা লাইব্রিক হৈরে হায়দুনা মশা ফবগী লাইব্রিক ইরবদি অরানবা ৱা ওইগনি। অদুগা মশা ফননবা হোৎনদুনা মশা ফবা ঙমখিবা নিপা অমনা হায়রিবা লাইব্রেক পুথোক্তদোবনি অদুগা লাইব্রিক হৈবশিংনা মতু ইথোকপিগদোবনি। অদুনা অনি অসি অমনা অমদগী হেন্না হায়বা অসিগুম্বা মথোয় অনিমকপু চপ মান্না ইকাই খুম্নবা উন্দুনা, মায়বা থাজ্জা কন্নবা পুম্নমক ফংহল্লবদা লাইব্রেক পুথোকপা ঙম্বা, মশানা লেপচবা ঙম্বা হৈবাক অমা ওইগনি। মতাং অসিদা নীংশিংবা য়াই, মদুদি মিলথাসিং কৌবা পঞ্জাবকী অভেনবা লমজেললোই অমনা পৃথিবীগী লমজেললোইশিংগী মরক্তা লাঙজে মথং চৈরক হায়বা মফম অদু ফংবা ঙম্মখি। অসি পৃথিবীগী শায়বুংদা ফংখি, মহাকপু পঞ্জাবকী শায়রোইশিংগী মশা ফনবা শায়-থোৎনবা ঙম্বা ডিপুটি ডাইরেক্তর ফিজিকেল ওইহনখি। অদুনা মানা কয়মতৌনা পৃথিবীগী মীয়ামগী মরক্তা শায়রোই কয়াদগী হেন্দুনা লাঙজে মথং চৈরক ওইখিবগে হায়বা অদু ইন্দিয়াগী ফিলম লো কয়াদা উৎখি।

অসুম্না কনাগুম্বা এ, জি অমা য়াম্নক্রবদা চহি অনিদংদি লাংগোল পায়দুনা লৌ উবক্লগা মশাক্কী ওযবা অমসুং অশংবা কয়া তম্মু রিবশিং অদুনা হৌরক্লা হেক্তা থেঙ্নোবশা চুদবা নত্রগা য়াদবা কয়া য়াওবগে হায়বা অদু ৱরথোক্নলা খঙ্ঙবা কান্দ মহাক্না ইথোক্লবস্ত নত্রগা তাকপিরবশু অকবা অমসুং লৈবাক্কী কায়বা ওইগনি।

মথক্কী অসিগুম্বা কনাগুম্বা বি-ই নত্রগা অতোমোবাইল ইঞ্জিনীয়ার অমনা য়াম্নক্রবদা চহি অনিদং খুৎনা শৃদুনা মানা তম্মুরীববা অদু কদায় ফাউবা থবক ওইনা তৌবা য়াবগে, হায়বা অদু য়েংলগা অফবা লাইরিক অমসুং অফবা থৌওং তাকপিয়ু। অসুম্না অফবা অহৈবা কয়া তোংতান-তোংতানবা অমসুং পোৎথো কৌ শমজিংবা, অফবা লৈরবা লৈবাক অদুদা লাইরিক হৈবা মী থোক্লক্কদৌবনি। অদুদি নত্রদুনা চুম্নভগী ইংলিস পাবা হৈবা তম্মুশা এম এ, বি এ শিং আসনা এম সি এস, আই-এ-এস, হায়জিল্লগা মতম কুপনা থবক অদুগী ওইনা তমলুরবা আই-পি এস, ডাক্তর অমসুং ইঞ্জিনীয়ার কয়াবু মখোয়গী মথাপোম্না থম্নগা করম্বা কি [illegible], [illegible] কাকদৌরিবনো। মখোয়দি থম্মীথো। মখোয়না হৈনবা কম্বীদা এক-পী ওঝাগুম্বা নত্রগা কেরানি পানগদবনি মরমদি মখোয়দি ডোক্তরেট নত্তে, কলেজগী ওঝা ওইবা য়ারোই। মখোয়দি আর্মী নত্তে, সিপাই ওইবা য়ারোই, বি-টি অমসুং বেসিক ট্রেনিং তৌদবনিনা মখোয়না হৈবা থবক লৈতে। মখোয়গী হায়ববু মীনা তৌরকপা থবক অদু

অমা লেঙ্গা হায়জিনগনি। অদুগা মতুম খুন্নকপা লেংলগা অশিংবা শাগনি। অদুনা হৌজিক্কী থক্কী পাইরিবা, হৌরিবা ফৌ, অমসুং শেংনবা ফিদা, শান্নরোইশিংদা মপা কনবা কাঙ-লোন্দি য়াওবা নত্তেদো অদুনা করম্না অরাংপশিংসি মেনশিনবা ঙমগদগে। অদুরা চাওখৎপা মীওই কাঙলুপ অমা ওইবদা লাইরিক পাবা হৈ, করিবুনো মানা পাগদৌরিবা করিনো মানা ইগ-দৌরিব ! মানা হৈরিবা অঙ্ক, অদুন করি পুথোকপদা শিজিন্ন গদৌরি, নত্রগা মানা ঙমহৌবা অদুম্না হান্না মী অমনা মঙোন্দা তম্মীরকপা অদুগুম্ন অমদম্ন অদুম তম্মীরগেরা? হায়বদি ফাইভ ইস্তু তু ইজ ইকুয়েল তু টেন অদুবুরা লাইরিক হৈবা হায়বদো।

হৌজিক মনিপুরদা লৈরিবা লাইরিক হৈবা হায়রিবশিং অমসি মরৈবাক্কী লোন মনিপুরগী লোন খঙদবা ঙাক্তনি, মখোয়দি মপা কননবা লাইরিক ইবম্নু হৈতে, করিগা মখোয় কমদোনা মপা কবা অমা ওইরিবনো, হায়দুনু খঙনবনিনা অদুগা মীয়ামদা করি হৌদোক্লগা মীয়ামদগী বরম্বা মখলগা, মীওইবনা হিংবদা চঙলিবা ফৌ চেং য়ুম লম্মীথোং খুৎ-খুলাক অদুগা কমদোনা চায়রিবা মখলগী লাইরিক লাইশু পুথোকপা ঙম্নবা মীয়ামদা পুক্নিং থোগং-পম্ন উদে ঙসি এংখোয়না নিঙথিনা মুং শূবা হৈবা মী অমবু কৌথৎতুনা মহাক্না কমদোনা শূবা হেথিবগে। অদুগা করি খুৎলাই চঙই, করম্বা মখলগী অরাংপা খুৎলাই লৈরিবগে, অদুগা করম তৌরগা খ্বাইদগী হেন্না শূবা ঙমগদগে হায়বা অসি অচঙবা মচাক অদুদা মখোয়না পাখলিবা অমসুং মখোয়না খঙলিবা অদু

মনিপুরগী লোন্দা ইথোক্লুনা মুংশূ'রান নত্রগা তুংশারোন লাইরিক কৌবা অমা মতম কয়াগী মমাঙদা লৈবা য়াররবনি। অদুগা লৌউবনা থ্বাইদগী হেয়া ফৌ থোকননবা ভম্বা হৌজিকী লৌউ নত্রগা থাইনগী লৌ ড় পলাপ হায়বা লৌউ লাইরিক অমম্ব লৈবা য়ারে অসিগুম্মদনা হরাগাডৌ হৈবা মীওই কয়াদগী কৌথং-থিগংতুনা মৈতৈলোন্দা চবা মখল-মথাগী লাইরিক থম্নগা অথঙবা মীওই কয়াবু কৌরগা অচুম অরান লেমদোক্লগা করম্বা থাকী লাইরিক তম্ফম শঙদা তম্বীবা য়াগনগে হায়বা য়েংদুনা মখল কয়াগী শিনথাশিং অসি থঙমবা হোংনবনা অদুগা লোয়ননা করি-গুম্বা মখলগী থবক্তা চে শিংলবা মীওই কয়াবু খল্লগা সরকারগী ওইনা লৌশিন্দুনা মথ গী অকবা মীওই থোরক্লবা তৌবিগং-দোবনি, অদু তম্বা মী খুদিংমকপু অচৌবা ইকাইখুম্নবা উংতুনা থোরম খুদিংগী ঈশৈ, মুক্রা, কাঙৈজ, লৌচ-শিংউ, খুৎশাহৈবা হায়ব, অসি মশানা লৈজবা তাবনি অদুগুম্বা মীওইশিং অদুগী য়াথল থৌদৌ অদুবু ইথোক্লগা তমহৌবা খঙহৌবা অদুবু পবক ওইনা পুথোকপা ঙমজবা অদুতদা লৈবাক অদুদা লাইরিক হৈবা মশীং য়ামলকনি। অদুগা লাইরিক হৈবা লৈরে হায়না হায়বা যাচ। অদুদি নত্রনা মীয়োন পাবা, ইবা তম্বা, অসিনদি লাই-রিক হৈবা কৌবা য়াদে। অদুবু মা। য়দদি কৌনবি, মীয়োন ইবা পাবা ভম্বা মীওইশিংদি ঈশৈ শকপা হৈত্রবম্ব, ঈশৈগী মনা পীবা হৈ, মাদি লোন ফাওবা হৈতে, লোনগী মরমদা অচুম্বা বা হায়বদি লোনগী মরমদা মচিন চংপা মীওই ওইরে। করিনা

মনিপুরদা অচৌবা ওইরিবা খুদিংমক কম অদুগী মরম মুমা রা অমম্তুং খুৎপুম্না খঙলগা কদায় ফাওব ওইথোকপা য়াবা নত্র কদায় ফাওবনা থবক ওইনা তৌবা য়াদবা লায়বা অত খঙ য়াওদে। অসিগী মথক্তা মাস্ত্র ইংলিস তম্নবান ইংলিস ম মীবু লুনা ইকাই খুম্নবদি মশাতবু তৌরবনি। অদুনা মখোয় ইংলিস হৈবা মী খুদিংমকপু ইকাইখুমনৈ। য়েংবিয়ু, ইং জাপান, আমেরিকা, জর্মন রুশিয়া মখোয়শিং অসিনা লাই হৈখিবা মতমদা ঐখোয়না মণিপুরগী লোন নত্রগা অতৈ লৈব লোন তম্নবগা চাওখৎখিবা নত্তে, অদুগা হৌজিক মনিপু চাওখৎনবা হোৎনবদা মীগী মরোল তম্বা চঙসবদি ওইথোকখিগ খুদম:- পেচেন। ফুটবোল হৈনবা হোৎনদ করম্বা লবানী। তমখিবগে? অদুগা আইস্তানা এতোমবোম শাবদা কনাগী তম্নবগা শাখিবগে? মখোয়নদি মরোন্দা মখোয়গী ম মরৈবাক শেমজবনি। অদুনা ঐখোয় ঐখোয়না ঐখোয়গী শেমজনুনা ঐখোয়গী ইরোম্না ইয়েক্না মীয়াম্গ, খঙহৎবা অদু মীরোন অমম্তুং মীগী ময়েক হৈবনদি ফাইভ ইস্তু তু, ইং য়েল তু টেন হায়রম্নগা শিখিবা তাই। লোম্নুক্ন নিঙশিংজনিংব লাইরিক অসি পাবিবশিং শেম্নবা অমম্তুং অশেংবা দনা খেংনবিগনি মসি হৈতবদগী থো খনবিদুনা অফবা নি ইরোম্দা, ইয়েক লাইরিক কয়া খিরকনি খঙদুনা খুকমজনি।

